ঐহাক কবি অমসু নত্তে,
অকাওবা লেখক অমসু নত্তে।
চুম্না ঐহাকী থম্মোয়দা পাল্লবা
য়ৈরবা খরা অদুতং অপেনবা
ওইগে হায়বগীদমক নৌরিঙৈ
মতমদা ইখিবা ঙাক্তনি।
থোইদোক্না মসিনা হেক্তা অপা-
বশিংদা হাকথেংননা করিগুম্বা
খরদং ওইরবসু পোকহল্লবা য়াই
নত্রগা য়াদে হায়বসিদা ইশাগী
ওইবা অনিংবা অমতা লৈতে
হায়বদি লাইরিক অসিগী মগুণ
কয়াম লৈরবা নত্রগা লৈতবা
হায়বসু খঙদে ঐগীদি পাবি-
নিংবা কাংবুনা পাদুনা য়েংবীবা
অদুগা পাবিনিংদবা কাংবুদা
থোইনা ৱারৌনিংঙাই লৈতে।
অসিগুম্বা ইশাগী ওইবা অনিংবা
খরদং লাইরিক মচা অমা
ওইনা ফোংদোক্লবা হোৎনবদা
ঐগী ইতেং পাংবিখিবা অমদি
শেল-থুমগী মতেং পীরকপা
মণিপুর সরকারগী শিক্ষা
বীভাগকী লমল তোল্লে।

মথুম্ নম্বা






**অফোঙবা**

প্রেমকুমার

**অহানবা নম্বা**

কোপী লিশিং অমা

ইঙেন ১৮৯৪। জুলাই ১৯৭২

**মখুম**

রাজকুমার নকুলস্না সিংহ।

**ব্লোক শাবা**

লিন্দু ফোটোগ্রাফিক

পাওনা রোদ ইম্ফাল

**নম্ফম**

দি মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি লিঃ (প্রেস সেক্সন)

পাওনা রোদ, ইম্ফাল

# ঐ

ঐ—

ঐদগী হোৎনবা ঐতোন্দা
ঐতোন্দগী মথঙ মথঙ
লোইবা নাইদনা চৎথিগনি।

ঐগী পুন্সিসু ঐনি
ঐভগী— ঐনি।
ঐনা লৈরিবা অসে
ঐগী সংসারনি।
পুন্সিগী মিকুপ থুদিংদা
ঐগীতমক হোৎনরুই;
মীওইবগী থৌদাং কয়াদা
ঐ য়াওরমত্রবদি
ঐবু লৈরমখিগদ্রা?

অহুবু—
পুন্সি! অচুকপনি নতুগী সংসার।

ঐগী য়াখলদা —

য়াংলবা ফুরা কয়া লাগৎলি
নোংমদি শোইদনা
নিংথাইথিবসু য়াই।
পুক্লিংগী লুরবা ঈচেলসে
মতমগী মোৎলবা ঈচেলনা
থিংবা ঙমদনা চেনশিনখ্রুনা
পুন্সিবু অনৌবা মওংদা
পুথিবসু য়াই।

ঋতুগী ঈংলবা উনথা
কালেনগী শায়বা মতম
মতমগী ঈচেলদা তিন্দুনা মাংথ্রবসু
ঐদি
ঐনি।

ঐস্তনি —
ঐতগী সংসারদা।
অহুবুনে —
ঐগী পুন্সিগী

থোদাং পাংথোকদোরিব
ঐসে —
কনানো হায়বা
ঐহাক খঙবা ঙমত্রে ।

ঐনা —
ঐঙোন্দা হংই
ঐসি কনানো ?
পাউথুম য়াওদবা য়াহংনি
শকখঙদনা লোইখিগদোরি ।
ঐগীদমক লৈরিবা ঐসে
ঐবু মশক খঙলমত্রি ।

অদুবু —
শকখঙত্রবা ঐসে
ঐহাক্তী কনানো হায়বা
খঙনবা থিবনা
ঐগী থবক ওইরি ।
ভোয়না হংই ইভোমতা
ঐগী সংসারদা
ঐহাক কনানো ?



খোমী

# হিহোনবা

ঐহাক হিহোনবনি
কদাইদা ঐহাক পোকপা ;
হিহোনবা ওইনা
করম্না চাউরকপা
ঐহাক মঙ্গুস্থু খঙদে ।

মাংদা পাঙ্লবা ঈপাক অমা লৈরি
ঈপাক অসি লানগদোরিবনি ঐহাক
করম্না লানগনি ঐহাক খঙদে ।
হি অসিদি ইতোমতগীনি
অনিশুনা তোংবস্থু য়ারোই ।
খুৎতনা নোপ নোপ লাওরবা নৌ
কনাস্থু য়াওদনা করম্না লানগনি
পাম্মুরবা ঐগী থরার্য়াস পুন্থনা

অঙ্গবু —
চৎতবদি য়ারোই ।

তাইবঙ ঈপাক অসিগী লাম্হৈনগদৌরিবনি
মসি ওয়াগী চৎখিগদৌরিবনি ।

নিংথিবা কিজোল শেন্তুনা
শকহেনবী হেন্দোয়শিংনা
ঐগী মাংদা শারম্মি লগোই
য়েংখিগত্রা য়েংলরোইত্রা ককণ্ডাওনয়ে ।

শংবাময়বা পাক্লবা লমহাংদা
শায়িবা ঈথংকী জগোইনা
কোরি লাকলো হায়না
পোথাক্করশি মুংঙাইনা ফমুংদা
লৈগী শয্যাদা হিপতুনা ।

লুয়বা লাইজ্ঞ ঈচেলথক্তা ; তাওথয়ি—
ঐগী পিয়বা মুংশিয়বা হিদি
ক্ষদোমদা তাওথয়িবনো হায়বস্থু থঙদে ।

হঙৎনা হোনগে হোংনক্রই
নৌ কোম্মুনা মজোকই ।

মাইগৈ থুদিংস্থ ঙম্নবা লৈচিন্না
শিনবা থুংনা হুপল্লে ;
অথাক্ক অরাও কয়াস্থ তায়ককলে
নোংথাংগী মণ্ডালনা কুক্কেং কাফেং তৌরককলে
নোংলৈ মুংশিং কয়াস্থ
কম্না কম্না হৌরক্কলে
মাইগৈ লাকপা ঙম্নকত্রে।

কয়াম লাপ্পা হোল্লকলবা
তোর্ব্বাননা কদোমদা লৈহৌরবা
খণ্ডবা ঙমল্লে কয়িস্থ।
তাইবঙ কনা অমন্তস্থ
হম্না উবা ফংলকত্রে।
কয়াম লাপ্পা হোল্লগা
লমথুংফম্ভ য়োগদোরিবা ?

পাক্কলবা শংবায়রবা ঈয়াইশিদা
করম্না ঐহাকনা সংসারদগী লাক্কলিবা ?
ঐহাকপু শোংলবা লমহাং
শুক্কলবা লৈচিন্না কুপত্রবা
তর্মথিরবা মক্কম অসিদা
অরোইবা হিয়োন ওইরগত্রা ?

ঐহাক্কী থম্মোয়দা
ভংভনা জিংশিংই
নোংমা হংখিবা য়াথলদা,

"নহাক করি ভৌবা লাকলিবনো ?"
ইত্তোমত্তা থুমখি—
"ঐগীদি ভৌদবা য়াত্রবা ইথৌনি
ভাইবঙ হিরেন হোনবা লাকপনি।"
অহুদি করিগী নিংইমরি
চংশিল্লু হিথুংকয় য়োবা কাওবা
আশাগী য়াথলনি।

ঐদি লোইবা নাইত্রবা
ভাম্না উরিবা অশংবা অভিয়াগী
ভুংইমনা হোনবা পাম্মী হিসি
য়েংবা পাম্মী নিংখিবা কয়াশু।
অহুবু—

চংশিনথ্রে হিসিদি
ঐনা জ্ঞান মাংলিজৈ
থোং নৌরবী হেলোয়শিংগী মনাক্তা।

---

# ভামহৌরবা থুঙ্গং

ভামহৌরবা ঐহাকী পিক্লবা থুঙ্গং
নিংশিংলকলে ওসিস্নু নহৌনা অমুক
পিক্কলিঙৈ পূন্সিগী হুংশিরবা রারী কয়ানু
মথং মথং ওইনা ভাওথরকলে
কল্লবা নিংশিং ঈচেল্লক্তা ।

লাপ্পক্লা উরুবদা
পূক্লিং হুরবা
অশংবা অবুক মনাক্তা
চীংয়াগী হাইথরককদা লৈরিবা
ভাম্বা লৈহৌরবা ঐগী থুঙ্গংগী
হুংশিরবা রারী কয়াসু
অমংতা চিথদনা লাকলে ।

থুঙ্গংগী অশংবা লমপাক্তা
ষণবী ষণমাও পুহুনা
খতুগী হুংজাউরবা পুংজাদা

ষণ শেম্লিরৈঙে ঐহাক্না ;
পামেল কয়াগী মরুমদা
ইদোম তরুক ক্ষমহুনা খোংথিবা
কায়রবা ঐগী পিক্লবা বাঁশি সুর
লাপ্তক্লা লৈরিবা চীংয়াগী নাপোমদা য়েরুবা
পোম্বী চেক্লা কয়ানা
অশংবা অভিয়া খেৎন পাইরকপা
ঐনা মোমোন নোকচশি ।

ঈশিং খোং মপান্দা
মক্লপ মপিজা কয়াগা
ঐহাক্না খোই চোপমিন্নখিবা
থম্মোয়হুংদা লৈহৌরি
কাওঙমত্রবা খোদোকশিংহ্ ।

চীংজাও নাপোম কাহ্ননা
মোংশোং মরক্তা
ছরাওনা ছেকতুনা চাখিবা হৈজামপেৎ
ওম্মোক্লস্ হাওষনি
ঐগী খুঙ্গংগী উহৈদো ।

থুদংগী নাকলদা চেল্লিবা তুরেলদা
মরুপশিংগা শাম্নথিবা
মতম অছু অমুক হন্না লাকলরোই।
থুঙ্গাশিংগী তুংশিরবা থোঞ্জেলস্তু
তাখিজ্রে ঙসিদি।

হৌপ্রবা পুন্সিগী ইতিহাস
নিংশিংলুবদা
মিস্তুগী পি শিস্থরি !
পুন্সিগী হৌখিবা ৱারী
শেমগ্রদা ঐগী থম্মোয় ইতিহাস
থম্মোয়দুংদা লৈহৌরে
চিঙ্কা কনা থগুদম্বা।

লুপ্লমলগনি চেস্থিবা
অচুঙৈগী পিকলবা ঐগী থুদংগী
ঈচেল কম্লবী তুরেলদা
তাওথরম্নগনি থুদংগী তুংশিন্নবা ৱারী কয়া।

অচুবু, থম্মোয়দুংদা লৈরিবা
ঐগী পিকলিঙৈ থুদংগী ৱারীদি

চামথোকপা ওয়েরোই হন্দক মপোক্কী
কল্লবা ঙৈচেল লাকতুনস্থ ।

ঋতু কয়াগী য়াওলদা
ঐস্থু অস্থম চৎখিনি
ঐগী পুন্সি লোইখিনি
হাংলবা মালং অসিদা ।

তামহৌয়বা ঐহাক্কী পিকলবা থুঙংগী
থুংশিরবা য়ারী কয়াস্থ
ঐপা লোয়নবা চৎমিন্নখ্রগনি ।

থুংশিরবা থুঙংগী য়ারী
কনানস্থ খঙলরোই
লোয়না তুমিন লোইথ্রনি
খঙবিনবা য়াওদনা

---

# ইতোমতনিকো

ঐহাকস্থ—

পুন্সিগী পাক্লবা ঈপাক অমা লানগদৌম্নিবনি

অদুবু—

জানমমদাইদ্বা,

ওয়াক্তংগী ওইনা জোর্ব্বান্দ লেপলি।

ক্ললবা ঈথক কয়ানা

ঐহাক্কী মাইপৈ তম্না

নমহৎলগে মত্তাগুম

লাও খোংহুনা পাইশিল্লকলি।

হাইকেংতমক নোকই;

মখোল থোকপরা

থোক্তবরা খণ্ডদে।

থোও অসি থাংথবা ছোৌরক্পদা

শুক্সংদা য়েংশ্রিবা মিৎমা

মম্নি শাম্নি ওইনা

মমলবা মতম অসিদা

ঈয়াইদা কক্তাওনরবা
মীশক অমবু উখি।

হাইকেৎত্তমক থাংগৎলুই
থাংথরুরবা খোঙহু— ।

খোঞ্জেল খোঙ্কা কৌরুই
নাত্তোম ঈয়াললিবা হুপা ;
ত্তমখিয়বা ঈরাওখোল্লক্কা
ত্তিনশ্রমাঙ্গে খোঞ্জেলহু,
মাগী মপাঙ্ট ত্তাখিদে।

অমুকসু—
হো ঃ নাইত্তোম চৎলিবা হুপা
লম্বী অহু ওয়রে
থঙ্গিক্তংদি হোনগৎলু
অহুপনে—
চৎনিংবা মাইগৈদা চৎখ্রু।
হাইমা !
মৈয়াম্বি য়াওজবোই
ও। অরাবনি !

## নহাক্কী পুন্সি।

মঙাল অমত্তা য়াওদনা
কল্লবা ঈরৈ মরক্তা
ঈরাললিবসিনু—;

রাখলগী লংজিন পুনগ্রবম্না ?
পনথুং য়োদনা
পুন্সি লোইবা তারেদো !

তাত্রমাম্লে ঐহাক্কী খোঙ্জেলসে
ই। তিনথ্রবে:ইয়ে ঈরাওখোল্লক্তা।

ইহে, ইহে,
তাওথগ্রে, তাওথখ্রে ;
অস। ওত্থোক্পনিদা !
অমথাংদা কেমলেদো
পুন্সি পম্থুং য়োদনা।

## ঐহাক্কী খোঙচৎ

পুন্সিগী য়ুম্ফম—

কনানা খোনগনি
কনানা ভোগনি
কনাম্না ভাক্কনি
ঐহাক্কী য়ুম্ফমশীদমক ।
কদায়দনো, কদোমদনো, কৈদনো ;
চৎকদবা, য়েংগদবা, ভাগদবা ;
মখোয়গী খোল্লাও, মখোয়গী মশক
মখোয়গী মিত্রং
শুদ্ধংয়াই পুম্নবা যন্ত্রগী
ময়াই ক্নায়বা খোঞ্জেল
করম্না যৈরগদৌরিবা থম্মোয়দা ?

অরেম্বনি অরেম্বা
ঐহাক্কীদমক ঐ নৈ
পুম্নমক ঐগীমক্তনি
কনাদা অমুক হায়রক্লগনি ।

মরৈলোম্নবা রাজনিতী
কাহংলবা অর্থনিতী
মিপাইয়বা ধর্ম্মনিতী
ঐহাক্কৌনা করি ?

খঙদনা খঙবা শাবা
উক্কদনা উবা শাবা
তাইবঙ পুম্নি অশিদা
তৌজবা য়াদবা ইথৌরা ?

মাংখ্রে লোইখ্রে
লাকলি মাংখিনি
তাগনি নোক্কনি
খঙলোই করিসু
ঐহাক্কসু নহাক্কসু মহাক্কসু
অমহানি অমহা ।

কনানা কনাবু
করি তাক্কদৌরিবা ?
কনানা কনাগী
করি হেল্লবা ?

কনাদগী কনানা
করি য়াৎলবা ?
ভৌশিন্নবা তাওনা
অয়োনবা চিয়োললা
পুন্সি লৌনম ভৌবনি
অমহানি ।

শারবা লৈকংলা অমদা
ঐহাকসু খোঙথাকম থঙদনা চৎলিবনি
লৈশা থাংবা থাংনা
ক্যাহৎলবা মাইথোংগা
খোংথাকম থঙজবা থম্মোয়গা ।

খুৎলাম ভোয়না কৌয়ি
লাপ্তক্লা মোমোন নোকতুনা
জগোই শাবী মভোৎতুম
খেক্লা খোইনা মক্কত্থামা ।
লীপে লোথাকম, লাদিদৈ মতমলিবা
ঐংক্লাক্লবা মতমদা
অমবা অহিংদা
চমতখৌ অমুক ।

হায়রি মচিন্দসু
নহাক্কীদমক থম্লি
হাওরবা ময়াই কারবা,
অচাপোৎ, থক্কনবা কয়া ।

চারো, থকলো
মমল য়াওদনা তুংঙাইনা,
নহাক্কী ঙাক্তনি
নহাক্কী— ।

পুবদি য়ারোই কৈদৌউৈদসু
অয়েম্বা শরুকসু থনমগদবনি ।
ঐদি ললোনবিনি
ললোনবি ।
ঐহাকসু অমাং অতোং থিরিবনি ।

পোথারো ঐহাক্কী নাক্তা
তুমথুন হনথিনবা তুংঙাইনা
তুংঙাইয়বা, রাগ-রাগীনীনা থল্লবা মক্কমসিদা ।
পোথাদনা চৎকনি কয়া
মায়বা পূন্দি থোক্তচৎসে
ঙহাক্তং ঈথৌলাংবা কোকহন্দনা ।

ঐহাক্কসু থওই—

চংলুরবদি মক্কমসিদা
ঐহাক্কী পূন্জি
নোক্কনি মোমোন মোমোন
কাহৎলবা হক্কচাংসু
ত্তনৌ ত্তনৌরগনি।
মিপাইরব্বা থম্মোয়সু
পোথাফম থঙলগনি
নিংথাখাগী মতম্বাক্তা হিপলুরবদি।

নহাকসু লাক্কনি
নোংমদি শোয়দনা মক্কমসিদা
ঐগুম্না লেনগনি
নহাক্কী পূন্জি অহুসু।

পূন্নমক্ক অমহানি
অমহা।

মহাক্ক, নহাক্ক, ঐহাক্ক পূন্নমক্কীনি।

---

## খুঙাং

কনাগী খোঞ্জেলনো
ভাবিবসিবু ?
ভাক্কবদা থম্মোয় হুবসিবু
ভাইওমরবরা ঐহাক্না
নত্রগা—
মরাগী খোঞ্জেল্লা ?
থেংলবা অহিংগী
লংলবা থাবল্লক্তা
খোম্থাং ময়েনা লাকলিবা
মিরবা খোঞ্জেল ।
নত্তগী খোঞ্জেলনা পূরক্কুনা
য়োরে শাক্লবা ঈপাক্কী তোর্ব্বাম
কদাইদনো মহাক্না লৈরিবনা ?

কনাসু উদে
থাবলসিদা ।
কসোমদনো খোঞ্জেলদুবু ?

লাপ্পুক্লা উরিবা
ঈপাক ঈয়াইদা ভাওরিবা
মুশি মুশিবা শক্তমসিরা
ঐহাকপু শুক্মংলিবা অসিবু ?
নহাক্লা অশেংবা ওইরবা
ঐহাকসু নত্তুং ইল্লকে
শকথঙনখিসি ঐখোয় ।

ঙাইখোনে নহাকপু,
নহাক্কী নত্তুং ইনবদা
য়ারে ঐহাক্তি
কল্লবা ঈরৈলকসিদা
নৌ' তম্বা থাহ্না
লাইজ হিল্লম ফাংপসি ।

চংশ্রগসু কৈদৌগে
ক্দাই তাম্না চংকদৌরিবনো ?
হংবসু থুমদে
হায়বসু ঙাদে ।
কদোমদনো, লোংশ্রে অমুক ঈয়াইসিদা হুন্দোক্লম্লগা

ঐহাকপু—
কল্লবা ঈরৈলকসিদা
অমম্বা অহিং অসিদা ।

কনাননো তেংবাংবিগদবা ঐহাকপু
তোর্ব্বানস্থ লাপহৌরে
লাওজরুবা খোঞ্জেলস্থ
স্তিনগ্রগনি মালংদা
শহুম কল্লবা ঈথংনা
থুম্বাংগ্রগনি পুন্নমক ।
লাপ্পা উরি—
ময়েক শেংত্রবা মৈঙাল,
উরে, উরে ; লাপত্রমাল্লে লমথুংকম ।

অমুক হনবা তৌররোই
নহাক্কী ননাক্তা লাক্লগে;
নহাক্কী নশক য়েংহুনা
ঐহাক্কী লম্বী ক্বাংচগে
ঐহাকপু লম্বী চিংবীমু ।

## খুদি

শিবা হায়বহু
ঐহাক য়াম্না কী
মতম পুম্বদা—
মাঙোন্দগী লাপ্না লৈবা পাম্মী
মহাক্তি অসুম নকশিল্লকই !

ঐহাকী নাকলদা,
ভুংদা—
মকম পুম্নমক্তা
ইমিগুম্না ইম্নরমাল্লে
হকচাং অসি তনিকলে।
নোংমসু মঙোন্দা থংই !
মহাকপু কৌজবতনা
ক্তোইচেন ক্তোইচেন চেন্দুনা
মকম কয়া লোৎলুরে,
লোৎলু মকম খুদিংদা
মহাক্তমক লৈরম্মী।

নোংমম্তু খুৎলাম তোইনা কৌরকই
শাম্নরুশি হায়হুনা ।
নোংমনা ঐহাক্কী নাকলদা লেপ্লম্বই
খুদাং পায়হনা চিংগদবগী ।

নোংমম্তু মতুং ওম্বোকতুনা লেপ্লম্মী
ঐহাক লাকপা ঙাইহনা ।
মহাক্কী শুম্মৎয়াইনা শুমহনা
নোংমম্তু মতুং ইনগে হোৎনরুই
কীজবনা চেল্লকই ।

ঐহাক্কা উরমই মনাক্তা
শককম কাইরবা মীওইশিং
শক্ল ঙাক্তা ঙাইহোরে
মশক লাকপা শুমহোদয়ে ।
উতুপ তাগুম তারম্বহ
ঐনা লাকপা উবদা
ঐবু তম্না য়েংলকই
ইহো হোয়রবা মমিৎতুনা
ঐহাক্কা চেল্লকপা ঙ্মরগা, মখোয় ময়াম নোকহোই ।

ভান নাইরবা
পুক্নিংগী ঙৈশৈদা
থৱায় ভানা নোকচবা
মানা ঐবু যশাওই ।

লাইশঙগী শরিক মখোল্লক্তা
লাইশোল ঙৈশৈ শকলিঙৈ
লাইশঙগী থোংজিন্দা লেপ্লুনা
ঐহাক্না থোরকপা ঙাইরম্মী ।

ঐহাকী নুংঙাইরবা পুন্সি লম্বীদা
মহাক্না ভংতনা যথংলি
ঐগী কমুং নাকলদা
লোংমা যাম্নু হিপ্লম্মী ;
ঐনা চেনগে হোৎক্লই
মানা ঐবু কাজিনখি ।

ঐহাকপু মহাক্না শুমলম্মী
ঐহাকসু অমুমক তুমথখি !

# পুন্সি মমল

ঐহাক্কী পুন্সি মমল
কনানা তাকপা ঙম্বগে ?
মতম কয়া চংহ্না
ঐনা মাবু থিরুয়ে ;
হায়বা ঙমদে কনানু
অসিনি পুন্সি মমল হায়বছু !

ললোনবা ললোনবী কয়ানা
পুন্সি মমল তিল্লক্কই
অশেংবছু হায়রম্ভে ।
শেঙ্গাও পায়বা ইবুংঙো
হুন্নমমু কৈদোবগে অমুক্তংদি
পুন্সি মমল হায়বছু ।
করম্বু ললোললিবা পুন্সিবু
পুন্সি মমল থওদনা ?
পুন্সি মিকুপ থুদিংদা
অশিমনা ইনাক্তা লৈরম্মী ।

ঐহাক্কী মতম লোইরকতে
মশক শেংনা তাক্লকলে।

ডাইবঙ মালেং অসিদা
ঐহাক্না খোঙদায়রকতেদা
পুন্সি মমল হুমরমলে।

পুন্সিগী মমলদি
'অশিবনা ওইরম্মী।

পুন্সি' মমল খিরিবা নহাকপু
অশিবগা লেজোনবৌ
পুন্সি মমল খঙগনি।

---

# তামহৌরবা পুন্সি

মতমগী খোঙচৎ থুংইমা—

তপ্না তপ্না ওন্নকলে ঐহাক্কী পুন্সি
পুন্সি খোঙকম থুদিংদা
থুদি থিজ্বনা মাম্বক্লরবা ঐহাকনি ।

তান চাত্রবা পুন্সি' ঈশৈদা
তৎলবা তায়গী
ময়োল খোকত্রবা খোন্থোক্লা
কাইহল্লবা থম্মোয়গী মারীদা
নৌনা শৈহেক হাপলুবা
নিংবা কাইনবা ওইজখি ।

মিৎলু লাইজ ঈহৌনা
তামথ্রবা পুন্সি মারী খোঙকমদা
হয়া হয়া য়েংজবা
তামহৌরবা ঐগী মারীনা
নিজহল্লমি থম্মোয়দা ওসিনু ।

অহুঙৈ ঈংলবা থাবললক্তা খোংখিবা
শকথঙত্রবা চেকলাহুগী খোঙেন
তারকলে ঙসিস্থ তাম্না
নৌহৌনা খোইরাংহল্লরে থম্মোয়দা ।

ঐহাক্কী পুন্সি—,
ঙসিদি,
অর্থ খোঙক্ত্রে;
তুমিন্না
লোইশ্রসহু পুন্সি;
তুমিন্না ;
নিংশিংলুরপহু পুন্সিদো,
পুন্সি !

# মিনোক অমা

ঈংলবা উথাদা, অশংবা নাপীদা
কালেনগী শারবা তুংশাদা

মৈশা থাংলি মালংদা, ইতোমতা কনাসু য়াওদনা।
ঙাংলৈরবা— খোংনাং মনারক্তা
শংবানরবা— হৈবোঙ মনারক্তা
লোম্না পাইরম্মী অঙোবা লৈচিন
ছাংলবা অত্তিয়াদা, খজিক্কুং—,
তেরা মক্কোলগুম তপ্পা।

লোংনা হিপথৈ নাপীথক্তা, মুন্না য়েংই মালংদা।
তপ্পা হুন্নকই মুংশিংনা মুংশিরবা লৈনম অমগা লোয়নন
থম্মোয়'সে নোক্কলকই, মোমোন মতোমতা।

ঈচেল তপ্পবী —
ইঙ্কাল ছুরেলনা ঙাথু খেংথু শান্নরি
লৈরাই লৈরাই খুদিংদা তুংঙাইনা;
ঊশিং থক্কলি ষণবীশিংনা, পেন্না মবূক পেন্না।

ঙসাইমথৈ—; খোঞ্জেল অমত্তা ভাম্লমদে
খঙহৌদনা— ।
ঙুংশিরবা মখোল খয়া তাম্লকই
হম্না য়েংই তুরেললোমদা অমুক্ত ভপ্পা হৌগৎহুনা ।

অঙাং খরা শাম্লরপ্পী
ঈরোইহুনা ঈংশিদা
মুম্না য়েংই মিৎসিনা, মখোয় তম্না পেম্না ।
ঙুংশিরবা ঈশৈ অমা ভারকই—
তাম্না, ভপ্পা, ঈংনা ।

উচেক অনি পাইরক্কই অভিয়াদা ঙুংঙাইনা,
অদোমদা অমুক য়েংলুরে ।
শাদানবগী গুলিনা পাল্লবা
উচেক অমা ভারক্কই ।
শাদানবনা পুথ্রে মথম্লায় য়াওরবা উচেকতু ।

মপাং কাইনরবা উচেক অমা
লাক্লা লাক্লা খোংহৌরে. ঐহাক্কী নিংবা কায়রে ।
লৈমাইথক্তা ফেনথ্রে চেংলো হেনবী লৈম্লাং অমা ।

থঙহৌরনা ফুমিন্না
ঐহাক্না লোননা য়েংলুরে
লৈমন চনথ্রে মহাকতু।

খোঞ্জেল অমা—

অঙাং অমা কপ্লম্মী
মমানা ফুন্থনা পুথ্রে ;
ঐহাক্কী—
মিংয়েং শুনথ্রে
তুরেল অহু
ইচিক চিকহৌরে।

ঙহাক অমুক লৈরগা
চেংহি শম্বাল লাংলরে
ইকাইথিবী মুক্তাশিং।

ঐগী মিংয়েং ওন্থোক্লে,
উনারক্লা পাল্লম্মী—
ভাংলাং ভাংবা হৈজোম্নেপেং।

জিন অমসু লৈম্বন্মী,
উনা মরক অছুদা
ঐহাক্না লোম্না য়েংলম্মী।

মণাও মচা অমথক
মমা কাইনরছুনা
মে, মে, হায়না খোংজক্কই
মণবী অছু চেল্লকলে।
মমাগী মখোম থকচরে
মপূক থনজরে মণাওছু।

হন্জকমুক্তি কনাসু উদরে
তুম্বিন,
তুম্বিন লৈনম্নমজে।

ভাম্না উম্বিবা চীংখাংশিং য়েংছুনা
ঐহাকসু অছুম্বক লাক্লে।

হাইকেং নোকখিমাক্লে ঐহাকসু
মতমছুদা তুম্বিন্না।

——•••••——

## লম্মাংনরবা পুন্সি

হুংশিরবা খোঙ্গেল অমা
তাম্না, চিক্লা, লেমনা, মেঙনা
লাকলো হায়না কৌরকখি
শকথঙত্রবা খোঙ্গেল অমনা
নাইতোম চৎলিঙৈ ঐহাক্না লমশাং অমদা তাম্না।

চীংহুংলোমদগী তারকখি— লোকহুংদগী চেম্বরকপা ঈশিংগী
ত্রোং ত্রোং লাওবা মখোল
মাপ্পা চিক্লা তাখি ঐহাকনা, থরায় পেম্না ইত্তোমতা।
চেক্লা কয়াগী হুংশিরবা খোঙ্জেলনা
নিলহনখি থম্মোয়'সে
কাংথোকপা তমত্রবা চিন্বাম্বা মোমোন মোম্বোন নোকলকই
ইত্তোমতনি— চৎলিবা, কনাস্থ লোয়নদে।

তাম্না— য়েংথি মিংসিনা
অশংবা লবুক অমদা থম্মোয় অসি হয়াওনা।

ষঞ্জেনহা অমথক
মদোম ভয়ক ফমছুনা
অন্নাবা পূম্বি কাওথোকতুনা
ময়োল চুমত্রবা থোম্বোক অমদা
ম্বুংঙাইনা থোংলম্মী বাঁসি
মণাও মচা কয়াগী খোশাবদা ভম্বা হাপলি ওৎতনা।

শায়বা মুংশা মরক্তা
উক্রুম লাংলবা পামেল উখাদা
পূম্বিগী মুংঙাইরবা শক্তক অমথক
মহাক্কী মকমদা কংহল্লবি ; থম্মোয় হরাওনা পোত্থাম্মি।

কদোমদনো— ঐহাক্কী পোথাকম
ঐহাকনা— ঙহাক পোথাহুনা লৈরুবদা
অমম্বা কয়ানা ইথক্তা ফুপজগনি।
পোথাবা য়াক্রবা ঐহাক'সে
পোথাবা ভোয়রোই, ঐহাক অমম্বনু কী।

চৌংয়াগী নাপোমদা ফাথংতুনা
ষঞ্জেনহা কয়ানা হৈজামপেৎ চায়ম্মী।

খোইথুম্নরবা— উটৈহেগী মহাওনা
পুন্সি খোঙচৎপু ফাওহল্লি ।
মচ্ছ চেনবা লিনথা অমত্তং লৈরম্বদা
চিকতুনা লোইগদবা পুন্সিনি— পুন্সিগী পোথাক্কম য়োগনি ।

অশংবা লবুক অমদা, লোমী মচা কয়ানা
পুন্সি পামেল কংদনবা
ছমাং মরিক তাহল্লি, পুন্সি য়াইফ তাল্লকলি ।
লুরবা— লাইঙ্গ পুথ্রি অমদা
শাবী শানৌ কয়ানা, লাইঙ্গ ঈপাল লাংনন্নি ।
নোঙ্গা-খেনা লেন্দুনা ; শায়বা হুংশা থাংনন্নি ।
থম্না থক্কী মরুমদা. তাগ্র থঙোং অনিথক
পুন্সি রারী শাম্নরম্মী ।

লাংলবা খোঙচৎ অসি শায়বা হুংশা মরক্তা
ঈথৌ লাংলবা থম্মোয়সে মিকুপ অমত্তং কাওহল্লি ।
পুন্নমক ঐহাক্কী মিৎয়েংনি ।
অঙৌবা নোং মপৈ অমথক
অশংবা অতিয়া অন্নদা তুম্মিম্না লৈরম্মী
ঐহাকস্ত নোককেৎ তৌখি ।

শাংলবা লম্বী অস্থুদা
মৈশা থাংনা থাংনা, পুন্সি মিনোক অয়থক
ঐহাক্না— নোকে হোৎনক্লই ;
পুম্নমক অরেম্বা তাখি।
ল্লাম্লবা পুক অসিনা, থাংবদা ম্লান্নবা ঐগী হকচাংনি।

থঙহৌদনা : কেল্লকখি উহৈ অমথক
ঐহাক্কী লম্বী অস্থুদা—
ঐহাকনা— থুম্লুই উহৈছ চাগে থন্না—
চাবা ম্লাজ্রে উহৈছ পুমনমলে মঙুংদা
ওৎথ্রে ঐহাক্কী থম্মোয়'সে, সংসারগী পোৎ পুম্বনা !

লবুক্কী মত্তাই অমদা চিক্লা ; ইত্তোমন্তা—
পামেল উথা অমদা তপ্পা তপ্পা কমথহুনা
পুন্সি কবিতা— ইবা হৌখি !

মালংগী ; ঙংলবা শাহুমদা ঐহাক্কী—
নৌরবা মিৎ অনি, তপ্পা তপ্পা খুমজিনখি।
পুন্সি ; মঙলান্দা তাওখি
পুন্সি অন্নাবা থাংনখি।

ঐহাক্না, ফিংনা হৌগৎলক্কই
অমম্বা শরুক্ক অমনা ঐহাক্কপু ;
ভপ্না ফুপশিল্লক্লম্বী।
ঐহাক্না-- কোইনা য়েংই
ক্কনাস্নু উবা ফংখিদে, থম্মোয়নুংদা মিপাইরম্বী
চৎক্কম খঙলক্কতে ইতোমতা।

তুংহন্না হায়ফেৎস্নু মচৎলুই।

চিক্কলবা মতম অহুদা তাম্না—
থুঙ্গংগী লাইশঙদগী হুংশিন্নবা— সন্ধ্যারাতিগী
শন্নিক মখোল, অমা তারক্কখি।
পোঙ অসি অমুক থাংহনা
পল্লেপক্কম খঙদনা চৎপা হৌরকখি।
থাজগী— অঙৈংবা মাইথোং অমনা
ঐহাকপু— মুনা মুনা য়েংলম্মী।
অহিংগী লৈরাং কয়াগী লৈনমস্নু
ভপ্না— মালংনা হুন্নক্কখি।

লম্মাংনরবা পুন্সিগী খোঙক্কমদা হাইফেৎ নোকফেৎ তৌখি।

## চিক্লা তোর্বান্দা

তোর্ব্বান অমদা ... ... ... নিফলবা থুং অসিনা
লৈঙোইশিং অহু চাইথোকখিবগা
— খঙহৌদনা থুংলখি পুন্সি— ;
কাওগ্রবা মতমগী মরক্তগী।

অয়াকপা মুংশিংশিংনা, নিলথোংহুনা
মৈহৎপিরম্লবা, সমুদ্রগী ঈরাওখোলনা
— ঙংনা ; মরেংজুম হাইগৎনা
তোর্ব্ব'ান অমা হোৎচিল্লকপা
লৈঙোইশিংনা মরু সুক্ক্‌না খাঙবা
— পুন্নমক অহু, নিংশিংলকই।

চয়াংনয়বা য়াথল অমদা—
অপাম্বমা লাকহৎতুনা নৈথাইয়বা,
নিংশিংবগী মমাংদা নিংঙাইয়না লাকলিবা
লাপ্পবা মফমদগী— সংসারগী য়াবনা
চোকথয়বা হকচাং॥

অহুগা— হ্নামনবদগী নাইতোম তারবা পুন্সি;
— পুন্সি ইয়ুমদা— চেকশিন্না হুংশিনা থন্নলিবা
মাংওইননা লৈন্নিবা, নাইতোম তারবা থরান্নবুদি
মতমনা তাকখনবদগী লাম্লোক্কথি; পুন্সিসিদা।
ইতোমত্তনি; লৈহৌন্নিবা; য়েংথিনবা নত্রগা পুন্সিবা!
— অহুবু— নিংশিংগনি পুন্নমক
অমত্তা চিৎথদনা, পুন্সিগী য়ুম অহুদা— ইতোমত্তগী;
মালংদা, তারমদাই থাজগী থাবল্লক্তা
থত্তবিদনা, মাওগ্রগদবা, লৈত্তোই মরক্তা
নিলখোংলবা হুংশিংকী শাহুমদা
মচেৎ মচেৎ কেনগ্রগদবা মূর্ত্তি,
নত্রগা ... ... ... লৈয়োনহুংদা নাইতোম হিপগ্রগদবা,
শাওন্নবা, সমুত্রগী ঈন্নাওখোলনা নমহৎগ্রদবা খোঙ্গেল
থুয়াগী উফুল্লক্তা, নোকতুনা খাংলগদবা
অশংবা পাম্বীনা নল্লরগদবা পুন্সি;

অমদি— খোৎলবা, নৌন্নবা লৈন্নাংনা
ইচাই চাইন্নগদবা চোকথরবা হকচাং;
নৌনা তেকথৎলক্কনি অমম্বা অহিংদা
— গির্জাগী মত্তোম্দা কন্নহুনা
নিংথম শৈশকলিবা মকুগী খোঙ্গলোয়নবা।

## লমথুংক্ষমদা

কোইনা চৎলুরবা তুংদা; থুংলখি মক্ষমসিদা
লেপ্পা লৈত্রবা খোঙথাংশিনা
মক্ষশিল্লবা মাইথোং পুরুনা

চরাম্নরবা— হাপ্লবা পূক; মক্ষম খুদিং চৎপদা
কনানসু পোথাক্ষম পীবিরক্তরবা
চোকথরবা হকচাং; শারবা লম্বেল কয়াদা
তুরোই ভামলোই লাক্ষপগী
শিন্থরকলিবা হমাং মন্নিক,
ঐহাকপু নোঙ্গরি শকথণ্ডদবা কাংবুনা
থুবাক হোনা খুত্থনা।
অদুবু— ঐহাক্তি, পূলিবু থিন্নবনি!

নোংলসু— কেক্কে অমগী কাচিন্দ
মাংগী শোক্ষা অহুদা খুৎ অদি লেপ্পুনা
মক্ষম অদুগী—
ইয়াংদা ওহাক ভাওখি।

খঙহৌদনা ভারকপা,  খোঙজি মখোল
হয়া য়েংখোককখিবদা, জগোইশাবী অহনা
ঐহাকপু—, লোয়া য়েংলম্মী ;
মাংদা লৈরিবা গ্রাস অচু পায়থংজুনা
অমুক অনিয়ক চুপই ।
অদুদগী— তুমিয়া লাকখি ।

খঙহৌদনা, থুংলুবা মফম অমদা—
তুমিদাংয়াইরমগী নিংখিরবা মচু অহনা
অশংবা নাপী'থক্তা ওয়া খোইনা থাংলম্মী ।
ঐহাক্না, মাই লৈখোকখিবদা ঙাওরবা মচু অহনা
তুমিন ভয়ক শাৎচরিবী, লাইজথক্কী থম্বাল'হুদা লক্করম্মী
অদুদগী— খঙহৌদনা চেনখি ঈশিংথক্তা ।

লোংখি, অদুগা চীংগী মরুমদা ।
অমুকন্থ— লৈঙোই শেক্তা মরক্তা
ঐনা তুমিন চৎলিঙৈ
লংখৎলবা লৈঙোইশিংনা মুনা মুনা য়েংলম্মী ।
ঐনা, কয়িস্থ নাচুংবা লৈজনা
তপ্পা খোমগৎলগা রাংনা চাইখি—,
অঙাওবা জুংশিং অমনা মখোয়বু পুদুনা চৎখি ।

অহুদগী খঙহৌদনা থু'দখি
থুঙংগী মচি অমদা।

অশংবা ফৌনা মরক্তা
চীংয়াগী হায়থরককমদা, লোৎলম্মী অতেনবা পুন্সি য়ারী অমা।
থ্রৈনা উথা অমদা ফম্লগা পুন্সিগী য়ারী ইশিনবা হৌই।
লৌরাংগুবা থুঙ্গাশিংনা মাগী থোদাং পাংলম্মী,
ফৌনাশিংগী মরক্তা লোৎতুনা শান্নরম্বা উচেকশিং
খঙহৌদনা পাইথোকখি
শঙ্গু শঙ্গু, অতিয়া খেৎনা—

চীংগুংলোমদগী— শককখঙদ্রবা চেক্লাগী
ফুংশিরবা থোঙ্গেল, ঈংনা চিক্লা তাঃকই।
য়.ঞনহাগী মুংশিরবা বাঁশি মথোলনা
থম্মোয় অসি গুঙ্গৎখি।

খঙহৌদনা লোইশিনখি মুমিৎতু
মপুং ফাহৌদনা ঐহাক্না ইকমদা
লোৎখি মুমিৎনা চীংগী মক্লমদা।
তান্নক্লই ঐহাক্না মহাকপু—
অয়েম্বা ওইখি, ঐহাক্না য়াথল।

লোইবী চৌংগী নাপোমদা
তাইবঙ খোদাং পাংহনা চীংমী কয়ানা
হয়াও মথোয় কাহনা নোক্লা খেনা লৈরম্মী।
অমম্বা অহিং অহুদা থাজনা যোমোন নোকলম্মী।
ঐহাক্লা—
লোইবী চীংগী উনারক্লা
লোম্না য়েংলুই পুম্নমক।
শক্কখণ্ডদবা খোঞ্জেল কয়া তাখি ঐগী নাপদা ;
নাচুংক্রবা ঐহাকসে, অকীবদগী লাপ্পা চৎথি।

ক্বোয়ৌ মণ্ডাল লাকপদা—
লোইবী চহুরা ওইবী মুক্তাশিং, অচেংবা মখাংদা
পূন অমমম য়েপ্লহনা, লোকম্নুংগী লাইজ শোকলখি
মুক্তা শিংগী হুংশিরবা খোঞ্জেলনা
লোকচুং অহু পুমনিল নিলথি।
মালংনা হমখিবা, মুক্তাশিংগী খোঞ্জেলহনা
চীংচুং লক্তা পুখ্রি।
লোইবী চীংগী পুন্সিহু, ঐঙোন্দা কুইনা লৈখিদে।

মোংমনা সহরগী নিল খোংলবা ঈয়াওখোক্লকা
ঐহাক্লা— তুমিন লেপহুনা সংসারবু য়েংলম্মী।

থেংনথি মফমদম্দা
লাম্বনা চোকথরবা মীওইশিং, মিহৌ চাওরবা কাংবুসু
তুহৎপিরবা লাইরবা; শেঙ্গাও পাম্ববা মহাক্তস,
অহুদগী— চেংলৌ হেনবী মুক্তাশিং
সংসারবু থওইত্রবা নহারোলশিং।

পুন্নমকতুগী মরক্তা অমুক,
পুন্সিবু ললোনবা, ললোনবী কয়া
সমাজবু ফিরুক খুমলি।
সমাজগী অফ-কত্ত নৈনম্নিবা
মকোক তাংলবা নেতাশিং।
কারবার রাজা. কুলি, লাইরবা
ইনাকখুনবা, অশোনবা, অকনবা
খেন্নবনা থল্লবা পুন্সি অমগা অমগী মরক্তা।

হোটেলগী কাচিন্দা, জগোইশাবী মনাক্তা
গ্লাস পায়রুনা, পুন্সিবু; ওহাক পোথারুরবা কাংবু
সংসারবু কাওরবা মীওই।

পিল্লবা লম্বীদা চাওরবা গাড়ী
ভুংলবা মীরক্তা গাড়ীগী মখোল

অমনা অমবু উম্বিস্তে
ঐনা হেল্লে মত্তাগুম, হয়া য়েংনজরবা পুন্সি।
ঙলানা চুমলিবা, কনানা লাল্লিবা,
অমনা অমগী পুন্সিবু লানবিবা
ঙরিস্থ লৈভনা থল্লে পুন্সি, মৈরানবীগুম।
পুন্নমক লোয়না থেংনৈ সহরগী কুংলবা মরক্তা ;
ঙোংনা মক্কালায়া চাওথংলবা সমাজদা।

নোংমনা—, চীংদোলদগী সমাজবু য়েংথি
অশংবা নাপী-শিংবী, অরংবা ফুরা-দলান
সহরগী সরক, থুঙ্গংগী লম্বী !
অস্তবু - উথিদে সমাজগী মীদি পুন্নমক চপ মান্নবা !
ঐহাকী, লাংতক্করবা রাথলনা কোইনা থিথি মথোয়বু।

ঙকম অসি য়োরকপদা
সংসারগী নিলখোংলম্বা, অমদি—,
খোইশাওনরবা নঙ্গগা অমুকস্থু হয়াওবা —,
অমগা অমগা মান্নরবা তোঙান তারবা সমাজ
লোইবা খাংগ্রে ইনাক্কগী।
সংসার অয়েম্বা ওইরমলে।

সহরগী মন্নাইদা মঙ্গ্রগা—
খুঙ্গংগী চিদায়দা সমাজদি ৈেরম্মী
মশক্তি লোৎলম্মী।

ঐহাকন্সু ; পূন্সিগী খোঙথাক্কম থিন্নকপনি
কোইনা চৎলুই, কংখিদে কৈদম্নু।
লৈরম্মী মক্কমসিদা, চৎলুরবা ভুংদা পোথাক্কম।

মঙ্কপ—
ঐহাক্কী রাহৈ অসিমতা তাবিন্নু; ঐগীদমক ;
নহাক করিন্নু রাবীগন্নু ঐগীদমক থন্নুহ্নু।
অহ্নবুনে— অসিমত্তংদি পাংথোকপীয়ু।
ঐহাক্না ; পূন্সিবু: নিংথিনা কোনশিনঙ্গিতৈদা
ঐহাক্কী কন্নিন্নু পামজে।
হয়েং, সংসারগা ঐহাক্না
তোঙাল তারক্লবা মতমদা
ঐগীদমক পীবিয়ু খুহ্নপ তক্কী লমদদি
মক্কম অহ্নদা থম্বীয়ু ঐহাক্কপু।
অহ্নপা— ঐহাক্কীদমক অরাবা ঈথৈ
নঙ্গগা— লাইশোল কামদে পূমনমক!

ক্বাওখিসল্লু ঐহাকপু সংসারদগী,
মাইতোম তাখিনবা ।

অমংবা নোংবা ইথক্কা তারক্লবা নত্রগা—,
অশংবা অভিয়ানা ইথক্কা লৈরিঙৈ
ঐগী করিস্মু রাৎতে

অহুগা—,
মক্পা—,
অমমা—,

ঐহাকপু রাহনগন্নু
পৃজিবু লোনম্বা
চিয়োল কাংবুনা
তাং তৌহনবহুনা ;
ঐহাক— মথোয়বু কী ?

ঐগী হায়ববু—
নঙোন্দা পীননবা
করিস্মু জৈজদে ;
অচুবু— সংসারবুদি ক্বাওগনু !

---

# শকথঙদ্রিবা পূন্সি

ঐহাক্কীসু—

মিকুপ অমতং পোথানবা মতম লৈরম্লবদি

চিংথরম্লবা পূন্সিগী খোঙচংতা

নিংশিংহৌদ্রবা অমুক্তসু— সংসারবু অমুক্তংদি পেম্না য়েংলমগদবনি

লোয়ননা চোকথরবা হকচাংসি

মপাঙ্গল খরত্তা ওইরবসু হাপলমগদবনি.

অতুবু, মতমতু লোইখ্রে ; হৌখিবা মতমসু হৌজিক্তনি।

কয়াম কুইনা লৈরুরবা ঐহাক খঙহৌদ্রে।

জগোইশঙদা চংতুনা মকোই চোম্বা

মকোক তাংলি তাংলবা ওষ্টাট অতুগী

[illegible] সুরদা. খোঙনেংতুনা শারিবা

সংসারবু শুক্ষাংলিবী নিংথিরবী অতুগী জগোই—,

মাগী মিংয়েংদা, মহাক্কী ভৌরুনবা মাইথোংদা

নত্রগা—অমুকসু, চোইজাইনরবা শমলাংনা থুমলিবা মাইথোং

অতুগা, মহাক্কী শাথেক্তা ঐহাক জগৎপু কাওখিবনি

ভনৌ ভনৌরবী খুংশা অহনা— অবংবা মহি অহু
ভনাল ভনাল্লবা গ্রাস অহুদা— মহুদগী ঐঙোন্দা
কয়াদা হাওপ্রবা কয়াদা সুংঙাইপ্রবা ?
মহাক্কীদমক ঐহাক করিস্থ খাকখিদে, মহাক্কনা পুন্সি ওইখি ।
অহুবু, পুন্সি মপুং ফাপ্রবরা ঐহাক খঙদে ।
ঙসিদি পোথাকম লৈত্রে মকম কৈদস্থ ঐগী
মকম পূম্নমক ঐগী য়েক্লবা মাংস্থ হুংস্থ খুদিংমক্তা
ঐগী কনা সংসারসিদা ?

অহুবু তারি ঙসিস্থ মহৈগী যন্ত্রণী মখোল
ঈশৈ, উরি অমত্তা চিংথনবা, মহাক্কী শাথেক, মশক
ঐবু শুম্মাংলি, ঐবু শুম্মাংলি চিংথরমদনা কাওথোক্লমদনা !

অহুবু কদায়, মহাক্কি ঐবু খঙদে
ঐবু খঙদে, ঐভনা খঙবনি ।
মহাক্কী অনৌবা মরুপ চংখি মহাক্কা লোয়নননা
ঐনা লাওৈজ্জ মানা তাদে
ঐনা লিজৈ জগোইশঙগী রারী
মহাক্কা নোকনৈ ।
ঐহাক কনানো ?

ঐ মশক খঙজে
ঐনা ঐবু কাওরে, ঐহাক কনানো ?

… ওসিদি মোংকমদা …
অদুবু ঐদি পুন্সিসিদ
পুন্সি হারী মতেক'মা চিংথরমলে তামনা লৈহৌরে।
জগোইশঙগী গাডিদা কমলিঙৈ হুমিং অাখিরমলে
সংসার মশক উহৌজ্রে।
মুন্না য়েংলুবদা অমম্বদা শুক্না য়েংলকই ঐওোন্দা
ঐগী করি ইরাল
করিনো ঐগী ইরাল ?

করিস্ন খঙহৌজ্রে ঐহাক্তি
কনানসু উহৌজ্রে ঐহাকপু
ঐহাকপু শকখঙখিদেমখোয়না
অদুবু, ঐদি
জগোইশঙগী চিংথবা য়াত্রবা ভাবোকনি।

---

## প্রেমগী অশিবা মঙ

থেংলবা অহিংদা······

·········হিক্লা হিক্লা কপ্পগী মখোলগী

নুংশুক নুংজানুরে ঐহাকস্থু—

কাক্লি কাক্লিবা মিৎ, জ্ঞান য়াওদ্রবা চকচাং

করিস্থু খণ্ডদনা·········· চিক্লা তাখি।

কোইনা থিখি, থাবল মরক্তা ইতোমতা, কনাস্থু য়াওদনা!

শুক্লবা উমং'মদা ঈচেল'মগী ময়াদা, উথাদা—

কপ্প্রুনা লৈরম্মী; লাইয়েকপগী তুলিনা হাইকেৎ মচু শংলম্লবা

মপুং কাস্ত্রিবা শেগাইরবা, অয়েকপা লাই'মথক।

মখাজাই চাইকং অনিদা

শিস্থরকপা পিত্থু উকুল মরক্তা তিন্দুনা মাংখ্রি।

অয়েকপা লাইত্থু থম্মোয় শোক্লা উরে।

য়াম্না পুকচেল চাওবা'মগুম, ঐনা হংই—

"করিগী কপলি মফমসিদা নতোমতা ?"

লাইত্থুনা—, কাক কাক নোকথোরকই মপিদি কংদনা।